থোকচবী—
মঙ্গলা দেবী
কৈশামপাৎ, থোকচোম লৈকাই
ইম্ফাল।

কোপী মশিং ৫০০
১৯৮৪ ইং



মমল লুপা তরা

মশানা

মশাগী অল্লাববু

উবা ঙমজবা

কনাগুম্বদা ।।

# য়াওকম তাকপা

## অক্কবা মী

হান্নবা ইনবা
মশাবু মশক খঙজদবা
থাজবনা মশক্নক ওইবা
মীন্না লৌবা মীকিথি।

## চয়েৎনবা

লৈবাক ঙাকলিবা অঙম্বশিংনা
মন্ত্রি ফমথোল মথক্তা
তাকপি তম্বীরিবা ওঝাশিংনা
স্কুল কোলেজ কাচিন্দা
হৈশিংবা মখোয মখোয়না
মহৈ শঙ্গায় মনুংদা
যুথকপা য়ুঙাওবা মীরেম্মা
খোংবান লুকলাং মপান্দা

অমগা অমগা তোঙাল্লি
অমনা অমদা তকশিলি
লক্কু লাকা ফন্দোকই
হুংশিংকী শাফুনা শেগাযবি
মমিংনা চুকলি পাযশিল্লি
থন্নাযনা চৈথা তুংইল্লি
থাঙনা থাঙদা য়ানশিল্লি
কলমনা কলমদা ইশিল্লি

সমাজ মক্ক হুল্লি
অফ ফত্তা হৌবকই
ওইজ ওইথক খন্নরবকই

মশানা মশাবু কাওথোক্লয়কই
তুমফম চাফম মাঙলকই
ময়াংগী হোটেলদা তাবকই
স্বর্গদা কৈরাক থাগৎলি
লিনগী মহুগুম কাখৎলি

চীংদোন্দগী চীংদোন্দা হঙলকই
তোর্ব্বান্দগী তোর্ব্বান্দা খুমলকই
য়ানবা অমদি পুবকশি
লৌরি কৈশাঙনা লৈঙাকশি
অকাও খয়াত্তা তাখিনি
খুদোংচাবা মিকুপ লৌননি
ইশা ইশানা খঙনসি
পুক্লিং লমায়দা ইশিনসি

নোংম নোংমগী হেনগৎলি
উপুমদা ঈশিং চংলকই
চৎনবীনা চৎনবীদা য়েৎশিল্লি
আমেরীকানা রুসিয়াদা চৈশিল্লি
তাইবঙ মীওইবা ঙাওরকই
ফিজেত্তা মঙক পিথোকই
আইনদগী আইন শেমদোকই
অপোম্বদগী অপাৎপা ওলকই

নোংজুথাদদ লৌউবা লৌলিংই
চহিচুপ্পা তুমগে নিঙলমই
মীতিনফমদা মীৱাম ৱাতানরমই
পোথাফম থিবা লাকলমই
লাইশোন থীহুনা ফমলমই
মশাদগী লাপ্পা থাপতোকই
ৱাখললৈনা য়াইফনবা শেমলমই
মচা মতুদগী য়ুমশেমই

ওইদবনা লেংহুনা থোক্লকই
তন্দনদা ঈশিং হৈজিল্লি
অশেংবা লাইরিক পাথোকই
ঙমোক্লা অঙাং থেমলমই
থাৱনহুনা সহিডমিনার শাগৎলি
অৱীবা সনাথোঙনাং লাইওল্লি
খুড়না তুহাও কোকথোকই
লোংথোবক্লবা মশা থারমই

অকনবগী পুঙলোন্দা খুৎথেক্লই
থিন্তা থিতা থিতাতা
ইচেম অহনবা ময়াইদা
ইনাও য়াইমনা খুৱাদা
ইনাও তোননা লুখুমদা

ঙানপ খোংবনা খোংবান্দা
চিঙ্খীবা চাওবা মীংচংলি
অৱাইবা সনানা লৈতেংই

হৱাগাড়ীগী মৈথুনা কামশিল্লি
মোৎলবা উকুলনা চাইশিল্লি
অশেঙবা মুংশিং মাঙলকই
মুংশাখর মপী হোল্লকই
খুমথঙনবা মীতোপ্পা ঙাংলকই
মৈরীদগী মৈশা লাংলকই
অথোই অহেন তান্নরকই
মুংঙাইনা হিংবা ৱারকই

তোম্বনা তোম্বীদা লাওশিল্লি
খম্বা খোইবীনা হাৎতোকখি
মীওইবা মমিংনা য়োমশিল্লি
হাওনা মৈতৈদগী লাপথোকখি
পুক্লিংনা ৱাখলদা লুপশিল্লি
কোক্পা ৱাহৈদা তুমশিনখি
মহৌশাগী ফজবা মাঙলকই
পৃথি মাইখলনা থাযদোকখি

মুবদগী থাইদোকখ্রে তালনা
ঈশৈ ওইদ্রে ঈশৈনা

শাথেক্তগী থাপতোকখ্রে মিৎয়েংনা
জগোয় ওইত্রে জগোয়না
মহাকস্থু হোৎনখ্রে মাগীদা
ঐহাকস্থু য়েংখ্রে ঐগীদা
মপুম ওইত্রে মপুম্না
মচেক্তা য়াল্লে মচেৎনা

মিকুপ'মগী তুমিন মাঙখ্রে
চবাংনবে পুন্সি চবাংনবে
মীগা মীগা তোঙানখ্রে
পিওনগা আফিসারগা শাওনরে
ময়নাই মেরুক্কা মচুমখ্রে
মাতোপকী চেঙক্ষু চম্লদ্রে
ফিলোসোফীনা ফিলোসোফীগা য়ানখ্রে
চয়েৎনবদগী থোক্লে চয়েৎনবা।।

# উখিদে কনানা

অপাঙ লিশিং মাঙদা
প্লেটফোম 'তুগী মথক্তা
লেপ্লম্মী থক থোংবদো

মাঙদা লৈরিবা মাইক্রফোন
য়োংজাও খুৎপায়খাদ থম
নশাবু খঙদ শুমহৎচবম্মী

হাংল ৱাহৈ চাইবম্মী
মীয়াম পুম্বা থুংলম্মী
থাজ লোং খোল্লম্মী

মীনাইদা মীনাই তশেংখি
ভাবোক খুবাক খুনখি
মহাক মথন্তুনি হায়নখি

খোঙপাক থাদা থাঙখিবা
প্লেটফোম 'তুগী পিরাংদি
খঙখিদে উখিদে কনানা ॥

# মীওইবা লৈখা তাই

অখণ্ডবগী মরুদা
অনিংবগী উপাল বাই
অথোয় অচেনগী মশাদা
নাপলগী মপাল শাংকাই
আশাগী মহৈনা চিংথচুনা
মীওইবা লৈখা তাই ॥

# অচম্বা তান্দুনা ফংদে

ফিজোন্দা ওইবা নত্তে
ভিক্কারী ওইজবা তানবনি
উমংদা অচিকপা লৈতে
সাধু মশাবু ৱাহনবনি
কোঞ্জেং কোকফাইগী মনোমনি
মনঙ্গল ৱাই চিন্নবনি

অচম্বা তান্দুনা ফংদে

তাইবঙ মীনম্বনা থল্লে
আকাশ লৈচিন্না কুপলে
ওইদবদগী ওইদবা থোক্লে
পৱেং হাঙদনা চৎলে
ইযুম মৈশা লাংলে
মীয়ুমদা পোথাফম ফংদ্রে

সমাজ লাঙহ্নুনা লৈবে
মহাক্তি লোংখ্রে অচিকপগা ॥

## লায়নাগী লাইরম উনব্রি

লৈবাক ইবাং লৈবসে
মখোয় অনিগী মবালনি
শান্তি ফংব্রে লাওরিসে
থব্রান হুইনা কপ্পনি

মকন্থি লৈতবা মীবেমখাক
লুখাক চাবগা পুকথল্লি
মতম্না ফারবা মাঙোনজাও
মণ্ডলান্দা মনি খুল্লি

মবুদ্ধি লৈবা মাইচৌশিং
মশানা মশাবু মীনমজে
ব্রাণ্ডাং হৈবা পণ্ডিতশিং
মীয়াম্না অমব ওইহল্লি

লাইববা মহাকম্বু লাইবনি
ইনাকখুনবা মহাকম্ব খুল্লনি
মশক্তক মশক্তক ওন্নববম্বু
শক্তক শক্তক্তি মবৈনি

থীওমদনা চহি চংলনি
মতমনা মখোয় পুখিনি

অন্না অনা নংখিনি

তাইবঙ মৈশা লাংখিনি

লায়নাগী লাইবম উনদ্রি ॥

## ওইদবা সমাজ

মরম ওককে খল্লুই
মীনাই ওইবদা মতাই
তৌনিংবা তৌরগে নিংলুই
ঙাওশিল্লবদা ওনশিনদুনা মহলই
অফবগী লম্বেল য়েংলুই
ফত্তবা উহুনা মতোকই
লাইশঙ তাল্লা চেনশিনলুই
খুকউ চিকতুনা মল্লাই

মঙলাম্নি ওইদবা সমাজসে
ভাবকী দলাননি রাখলগী
মিকুপ খুদিং হোংবনি
মচু লেপ্তবা লৈচিননি
অঙাওবনা নোকপা মনোকনি
শোরেম্না কপ্পা মকপনি
য়াম্নবা খরগী লৈকোলনি
য়াদবা মখোয়গী মোংফম ॥

## শক্ল পোল্লাং অমগী বাকং

খোংবান্দা 'তাহ্না লৈরম্লবা
শক্ল পোল্লাং
অমস্থং
মহাক্কী বাকং
মশা মতোমতগী
মশা মথন্তদা
"শে
কনা লৈ
ঐগী মুপীসে লৈজবো
মুংশিববী
ইচা মুপীসে
পোংহাপ ওইবিগে"॥

## অবাবা

স্থর কায়রবা ঈশৈ
তাল চাত্ররবা জগোয়
তাইফেৎ তাইববা
উবিয়া ননথেক্লবা নাপী
অমদি
অয়োই-অথম
অমস্নুং
অরেং-অহৌ নাইদনা
হাংদোক্লিবা পুন্সি লমাম্নদা
মফম চাদনা লেপ্পবা
চৈথৈ ॥

## মনিং তমদ্রে

মনুবা সমাজগী পৎলবা লমায়দা
তারে পবেং কায়রবা রাহৈ
আর্য য়াওদ্রে মীওইবগী পুন্সি

মশাবু মীনমজরে ভগবান উরে
থাজববু শেমগৎলে ঈশ্বর কৌবে
ধর্ম্ম শেমলে থৎনবা হোৌরে

খুৎনা শাবা নীয়মগী আকলাদা
মশা ককলে তেনবা কপলে
মনিং তমদ্রে মীওইবা য়ারে

চৎনবীগী শেগাইরবা শঙবাইনা ওল্লে
খোৌদোক য়ুরে লৈথাদা তাবে
অশেংবা লৈদ্রে মগুণ মাঙলে ॥

## চৎনবী

ইপা কনানো হুংলুই
রাখল ওইহনা তোকখি
ইমা কোহনা য়েংলুই
খোঞ্জেল ওইহনা মাঙখি
মরূপ লোমদা ওনশিল্লুই
ওইজবদা তুমহনা লোইখি

লমজাওদা য়ারেকপা শল্লুপনি
লৈকংথরোইনা লোৎপা মরোৎনি
রাহৈতনা শাবা পরেংনি
থরায় য়াওদ্রবা হৃবচাংনি
কিজহনা শেম্বা খুৎশেমনি
নঙ ঐতনা শেম্বনি

চৎনবী
অমদি মহাক্কী হোরবা শম্বল ॥

[illegible]

## য়ু য়োনফমদা

য়ুঙাওবা অমগী ৱারী
ময়া কানা তারি
য়ুঙাওবা ময়াম
নোকলি
খুবাক খুরি
নাক্তা ফমলিবি য়ুয়োনবী
চেপ্পা লিক্লি চেকশিন্না পায়
মশানদি খঙজদ
নেশাদা তাওরি
য়ুনমছগী ॥

# নিংবা কায়হৌনি

চাগা চাদিংগী শেল
তুঙহনা থমগে খল্লবা
নোংমদি শোইবোই
পাওথাঙনরকপা
শগুন তৌহনা হৌখিনি
মহাজন নিংবা কায়হৌনি॥

# কংলাদা তাংবী অঙাওবী

পূম্নবা মশমসে
তাশিন্নবা লিমোন্দগীম্ব হেন্না কলমবা য়াই
য়েংওইননা লৈবীবা
থুংনত্রবা ফিজেৎলক্তা
শাংতক্লনা লিংথোরক্লিবা
মথোম অনিসে
নুবানা
মৈনীং কুম্বীগী উয়ানগুমলে
খুমজিনত্রবা হকচাংসে
মচু থোক্তে, মবাং মবাংলে
ইহাং হাংলবা
কাচিন কোয়াগী শমলকসে
মো মরুমনা ··   ·

অরাবনি মহাকসে
মৈতে শঙ্গায় 'মুংশিদা চেপলিবনা
ঈংনা-ফজরবা মপানসে উঙমত্রে
মঙলান কোমদা হন্দুনা
য়াথলদা কপ্লি য়াথলদা নোক্লি
কংলাদা তাংবী অঙাওবী ॥

## পাওরো

মীনা নিঙবনা অমা
লাইনা তম্বনা অমা
থৌবালখোঙগী চক্ষু
কাযননবা ঙ্গৈবনি
মমা মপাগী থুংশিবা
মচাবু মাঙহনবনি ॥

## ৱাখল চার

থেংনরুবদগী
কনাগুম্বা অমা
ৱাখলনা নিংথৌ শেমজরম্মী
পামজবা মহারাণী
ৱাখলগী পাজলনা শাজবম্মী
মহাক অদো
হয়েংগী
মপাল নাইত্রবা লম্বেলদা খোংদাখি
পেনবা নাইদনা
অপাম্বগী লাংদা থুখি
মপুন্সি চুপ্পা
পাঙলবস্থু
মমিং তাঙখি ॥

## শিংথানত্রবা অমগী খোঞ্জেল

লমদমসিগী শেল পায়রবশা
ঙকচাও পংথেক থেকচন্নু
নঙ মঙাইবে চংচন্নু
পায়দবা মশেল পুঞ্জনি
অপুনবগী পাঙ্গল উজনি
নদোম নবনাই তাঙ্গনি
লৈবাক ইবাং হৌজনি
নয়ুম মৈশা লাংজনি
নিংবা বাযহুনা তোকচনি

নখোয়স্বুনি লৈঙাক পাযবিবা
নশাগী ওইবদা খঞ্জন্নু
তানজা হুগে নিংজন্নু
ওইহল্লিবা মযাম শাওজনি
মপুক্লিং মিংকুপ্তা তোংজান
মথক মখা ওনজনি
লৈফম চাফম খঙজবোই
ননাই নশল মাঙজানি
চেনফম খঙদনা লেপচনি

প্রজা মীয়াম নখোয়সু
লাইববগী মিংদা পেনজবা
অতোনবগী ইফুত্তা ঈফাওবা
মীনা তাকপা ঙাইজন্নু
উতাংবীগুম হিংগে নিংজন্নু
নখোঁনা উংপা লেপচন্নু
মীনম লাংদা তাজনি
লাইব তান্দুনা লোইজনি
লুংঙাইফম খঙদনা ঙাওজনি ॥

## লমহেনবা ছাত্র

ওঝা ওঝা
পরিক্ষা হায়ববু করিনো?
লাইরিক য়েংদনা ইথোকপবুনি
কৈদৌবগী ওঝাদি লাইরিক য়েংলগা তাক্লিবা?
লমহেনবসিদি
ঐথোয়স্থু মতম অমদা
নথোয়দৌনা য়ানা হোৎনরকইনে।

# নঙোন্দা

লাইরিক হৈবশিং লাওনরে
অথঙবা মশেল থম্নরে
অপঙবা মথি ফোংলে
মীকোক থোংবা থোক্লে
মনাই মশল ইল্লে

লৈখোং শোমগে থল্লে
রাখল ওইহৌনা তোক্লে
হৈজ্রাং ওম্বনা পায়বে
মরু মবা ককলে
চাব কংঙহনা কেমলে

মীয়াম মকোক থোঙবশা
ভাষন হাপ্পা পিখিন্নু
নিংবা কায়হনা তোক্কনি
নরনাই মীনম্বা ওইজনি
ভাবোক মচোই তাজনি

শিক্ষা পায়রিবা অখঙবা
লাইরিক তুংইন্না চংখিন্নু
মীবেম ওইহনা তোকচনি
নশাগী অশেঙবা মাঙজনি
নকোক ঙাওহনা তুজনি ॥

# পুন্সি

ফোঙজ্রিবা কবিতানি
কবিশিংগী থবায়
ঙংজ্রিবা স্বরনি
কালাকারগী রাগ
লুংশিবগী হৌফম
ফজবগী লৈফম
পুন্সি হিংলি
ইনৌত নৌনা॥

# ইবেমবোক

চহিনা লাকহৎলবা
মশা শোল্লবা
লৈনানা ঙমহনা ফমুংদা কুল্লবা
ইবেমবোক
ঙসিসু শোল্লি
হরে কৃষ্ণ
মমিংতগী মপী চহুম চহুম শিন্থে
মপাপ্পী উঙমদ্রবনিনা
মশানা মশাবু থেমজিনজৈ
অনিশুবা মপোক্কী রারীদা
মপী তপ্পা তৈথোকচৈ ॥

## রাখল লাংদা থুরে

পৃথী পুস্বা ঙাওবে
মীওইবা শিবা নাইবে
রাহৈনা অতিয়াদা হুবচাংনা মালেমথক্তা
চয়েংনম্ববা মাঠা নিঙাই থাংলে

পুক্লিং অনি লোঙলে
লালবু অচুম্বা শকলে
পুশিল্লুবা মীবানা কোক্তান্দা তোঙলে
হৈনকবা হৈনবীনা খোঙদোন্দা লেপলে

শেম শাবে হৈশিংনা
লালো দা থিবে মতম
অচিকপদি লোৎখ্রে অতোপ্পা তোর্ব্বান্দা
পুন্সিদি হোৎখ্রে ফোঙদবা মীৎকুপ্তা

মুংঙাইবা যাওদনা লেপলে
অরাববু য়াজবে মশানা
মথৌনা হাৎচবে মপাঙ্গল শোম্বুবে
অকিবনা চিকলে রাখললাংদা থুবে ॥

# অওনবরু ওক্সরে

হেলোয়গী লমদমদা
উক, কোন্দুনা লেল্লে
মতমগী পোবনোদা
মশাবু শায়হুনা খাঙলে
নহা ঙাওরে
মাইথুম খাদা চাকলে

অন্নাওবা মুংশিং শিংলে
হমু-হমুবী কপলে
মাঙলে মাঙলে লাওবকলে
অওনবরু ওক্সবে
ওক্সবা ওক্সবী শাংবাইবে

তাঙ্গা ছবে
নেশা পুংজাও থিল্লরে
চংজফম পিরে
মকোক ঙাওহনা য়ান্নবে
আঙম্বনা নোকলে
ঙমদবনা কপ্পুনা লেল্লে

কবি মতৌনো পাথৎলে
ফম্মাইবশিং থম্মবে
অবেং অবেং পুখরে
থামঙমদনা চাকলে
লৈবাক মৈবী হৌবে ॥

## মোরফিন অমস্তুং সিরীজ

চৎনবীগী ফন্নাংনা শোয়রবা
লুংশিং লুংশা লাংত্রবা
সমাজগী খুববা কাসিদা
মকোক চিকতুনা তাববা
মপাঙ্গল ঘ্লাংদ্রবা ময়ামসে
লক্করুসি লাও ঙসিদি

—অনিগী মতিক থঙহনসি

থঙনিঙবনা ইখৌ লাংলবা
তাকপিনবা কনা লৈত্রবা
মকোক শারবা অঙাংনি
মপা পৈশা পায়বনি
মহাকপু লুনা তৌসি
ঐখোয়বু থাকপা ঙম্বনি

লুংশি ৱাখলদা ঙাওববা
কায়না মৈশা লাওলবা
খুৎনাঙ চাববা লাইববা
মীপোৎ ছুবগা গপতৌবা
ঙসিদি লাকসন্নু থঙহনগে
মকোক ঙাওহনা তুহনগে

নোকপু নোঙ্গিংই তাবদা
অখণ্ড অহৈ পুল্লে
অঙম্বা মখৈ হোৎনরে
ঐখোয়বু তাম্বোক্কে তেমশিংলে
য়াহৈ য়াতাদা লোইশিল্লে
মখিং খোল্লগা তোকলে

মক্ক ফুকপা হৈতবা
মশাদ থাবা মীওইবা
থাংজৌ পাম্নবনা অকনবা
মরৈ কনবনা অঙম্বা
মখোয়না করি তৌজনি
মীনোক অমদা ভুজনি

লৈবাক ইরাং হৌহনসি
মীনম্বা মীয়াম ঙাওহনসি
মখোয়গী নিয়ম থুগাইসি
মচেৎ তাহ্ননা লোইহনসি
অখণ্ডবা মাঠা শাহনসি
নোকসি পেম্মা নঙ-ঐ

মোরফিন অমঙ্গুং সিরীঞ্জ।

# অনৌবদি কুপথ্রে

ঐহাক্কী যেংলিঙৈদা
নহাকপু উত্রে
ইজংকী নিঙাইদা
মাঠা শাবে
কোক্কী চক্রীদা
পোথ্রাফম খঙত্রে

খংউ উকবগী য়াবৌদা
শবাক তম্লবা পুক্কি
লাংতক্লা মৈশা লা :ল
মিকুপ খুদিং ঙংনরে
অচিকপা য়াওদনা লেপলে
চেন্দ্রবা নালাগুম নমথিবে

লুচিংবগী লিচিংদা
থাংলে খোঙথাং
ঙবাংগী খোঙজিন্দা
হয়েংনা লেপলে
অনৌবদি কুপথ্রে
অমনবা ফনেক্লা

অপাম্বা মশেল য়ৈনবদা
মচেং তারবা হুকচাং
মপাঙ্গল কনববু শৌগৎলে
অকি খয়াত্তা তাবে
তুংগী পোলোই য়েংলকলে
অশি লমদমদা থু্ংলবে ॥

## করিগী লোৎতুনা থমলিবা ?

ফজবা উনিংলবদি
ফনেক কিরোল হাইদোকসি
অশেংবা খঙনিংলবদি
অয়ুক অঙনবদা উনসি
অচুম্বা থেংননিংলবদি
করিগী লোৎতুনা থমলিবা ?

হায়শিন্নবা তোকলসি
মীনমজবা লেপলসি
ইকাই-ইকি লাহোকলো
হুংশিননা হিংলসি
মুপা-মুপী থাদোকলো
অমত্তা ওইনা চৎলসি ॥

# বাংমদা তুমিন্না

লৈঙাক পায়বিবা কাঙলুপ্তস্থ যাওদে
লালহৌবা কাঙবুবুস্থ শৌগত্তে
শেঙ্গাও পায়বা মখোয়দস্থ লৈরুদে
তোম্লবী মমা মচাবুস্থ তাথিরুদে
লুংশিবা লৈতে অনিগী সংসারদা

মন্দিরদা লাংপা উকংগী কৃষ্ণ
ময়াই কাহললি ভক্তশিংবু তত্তনা
য়োংপীগী চৈনাখোল খাঙলিবা যিশু
ইথিল পিবি খ্রীষ্টশিংদা লেপতনা
মবাইবক থিববা আলাহ
মনাইখবগা কপ্তুনা লেল্লি লমদমসিদা

কোক্তাংবা ওঝা
ছাত্রশিংগী লাই
লেপতনা থিবি
পংলবা লমাযদা তীনথাকলি
অচুম্বদি লেপলি বাংমদা তুমিন্না ॥

## ঐহাক্কি ঙমলোই

ঐহাক্কি ঙমলোই
নহাকপু শাম্নপোৎ ওইহনবা
চৎনবীগী তুংইননা লুহোংবা
মুমিদাং তত্তনা উনবা
চাবোক ফবী ওইহনবা

ঐহাক্কি ঙমলোই
অহিঙবা অমবু ফাজিনবা
পোনগী চেক্লা ওইহনবা
কাচিন কোইয়াদা লৈহনবা
অফবা যুমলৈমা ওইহনবা

ঐহাক্কি ঙমলোই
যানবি মখৈ তিন্নবা
তিন্নরি মখৈ চান্নবা
মনি মমৌ নোক্লবা
শাওনবা মিৎকুপতা লাওনবা

ঐহাক্কি ঙমলোই
মাইখুম খাদা লোৎশিনবা
মোংকি মরিনা তাইনবা

সিলায় তত্তনা ফাজিনবা
য়েংহুমগী চৈনাখোল থাঙবা

পুন্নমকসে ঙমলোই
হুংশিবী
ঐহাক্তি ঙমলোই ॥

# ঝাহৈগী কল্পনা তাখিনি

ঝাহৈগী উমংদা
লম্মুক্লববা মুপা
মমিংতগী সাহিত্য প্রেমিক
লোলবু শান্নবা লেপপিখে।
মোংশোঙ মাংওইনা লানবিখো
লমদমসিগী নিংথৌ
হিংনচাবা েোংশা
শাওইবগী মতৌদা
মচিঙ্গাক থাবা তাখিনি

লাইবিক্কী ইচাওদা
ঈবাক্লববা ওঝা
কোক্তা পোৎলুম পুববা
লমায় হাম্মা ফাকপিখিন্নু
ঈবোইবা মুম্মা হৈবিখো
ঈথক্কী ঈশিং
ঈবৈগী শরৈ
কল্পবা শাফুদা
ঈবাক্লত্নুনা শিখিনি

থংম্মাই লৈচিন থাংখিনু
হাংলবা অতিয়াগুম
হুংশি পৱৈ চেৎখিসি
নত্রবদী
চেকী দলান ওইখিনি
মতমগী শাকুদা নিংখাইনি
য়াহৈগী কল্পনা তাখিনি
ময়েক মুৎতুনা মাঙগনি॥

## ঈশৈ

শক্লা শক্লা ৱাবমলে
পিবাংলক্তা নোক্লমলে
খাইনা মমি তাবমলে
পামজক্কবনা লাম্লয়ে

যেংলুবা মিংকী মবালনি
তাক্লবা নাকোংগী লৈনানি
পঙলবা কোককী ৱাখলনি
থাজক্কবা মাগী আশানি

অৱানবনা মাংঙইনা
ওইদবদা খোংথাঙ চেংলমলে
তাইবঙপাল য়াকাইবে
মীওইবা তুমহনা লৈবমলে ॥

# পোকওমদনা লৈ

পামজরুবা ৱাখলনা
মীনমগে খল্লবস্থ
অশেংবদি লেংদনা লৈ

ওইদলক্তা পুক্লিংনা
পোথাফম খিরবস্থ
অচিকপদি শোকওমদনা লৈ

থরায়গা হকচাংগা
তোঙান তারবস্থ
পুম্নিদি পুম্না লৈ

সনাগী মরৈনা
তাইবঙ লৈতেংলবস্থ
মীওইবদি পোকওমদনা লৈ ॥

## কৈদৌঙৈ ওইরগবা!

লাংদবগী মুংঙাইবা
অউবগী ফজবা
খঙদবগী পাকচাওবা
করম্বা মতমদা থোক্লগবা নঙোন্দা

হে তাইবঙ মীওইবা
অপাম মৈরীনা
মৈশা লাংলবা নথম্মোইদো
করম্বা মতমদা মুংভুনা ইঙগবা!

# মীওইবা তৎলে

মুংঙাইগে নিংলে
হয়াওবগা লোইশললে

থম্মোই ফংগে চোংলে
পুক্নিংদা পন্দুনা ভাবে

মরুভূমীদা চাকথেকলে
লৈকংলাগী মীত্রংদা হেল্লা থৌরাংলে

জগৎ থুংনা থিরে
চেগাইবু চাকথাকলে ঈ থোক্তুনা চোকথবে

সমাজ মশেল য়াম্নরে
মরৈবাক নিংবনি শোগৎলে

শান্তিগীনি খাজিল্লে
মীওইবা তৎলে মতৎ মতৎ ॥

## ধর্ম্মগী পোকক্ম

রাখলবু উবনা
অরাবগী লোইফমনি
ওইগে খন্দবনা
অকিবগী শিফমনি
অপাম্বা থাদোকপনা
নুংশিবগী হৌফমনি
ঐহাক্কী লৈতবনা
খৎনবগী মাঙফমনি
অফ-ফত্ত খায়দবনা
অনিগী মুৎফমনি
খঙদবা মকোক্কা
ধর্ম্মগী পোকফমনি ॥

## মুত্রবা ময়েক

মুমিত্তা তাখিসমু
হৌরুত্রবসু পাইখোকচবকনি
মহাবলী শেকপী খপচনি

য়োকখৎপদা ওইবিয়ু
তাকপিত্রবসু তমজনি
নচা মদোম হৈজনি

পাম্থানা তম্বা মচুনি
লৈবাং লৈচু লৌবনি
করম্না মাম্নবা য়াগবা
খোয়াম মখোয়সু খঙজদে

খম্মোইনা তম্বা শিম্থানি
কনানা করিবু হেনগবা
মহৈগী ওইবা মগুণনি
পুন্সি মপুং ফানবনি

## নাম্বোক্লবা অমা

চংনবীগী কোঙ্গোয় হুক্ক
হৈনবীগী য়োম্বিলং থাংদা
ৎকশি থাশি থায়দা
অক্ষবগী মাইখুমস্থ উপতা
ফত্তবগী ফিজোলস্থ শেত্তা
লেম্নবা চীংশাংগুম হিংলি

নোংজু মুংশা নংজরি
নামীবা মুংশিংতা হংজবি
খোইনীংগী য়াবীদা নোকচবি
প্রকৃতিগী মওন্দা তাওজবি
ফোঙনিংবা মখৈ ফোঙজবি
নাম্বোক্লবা নাম্বোক্লবা অমা ॥

## থাদি হিংলি

পাম্নবা অমদি পামুবীগী
লিলা শান্নরিবা
পাখঙ লৈশাবী
মখোয়দা থোক্লিবা থৌদোক
থুংনবগী হরাওবা
কায়নবগী অন্নাবা
ময়ামসিনা শঙলবা থা
ইংলবা থাজ
শারবা থাজ

চাবোক ফবী মমাগীনা
থৈবোং হৌফম
থৈবোং পানফম
থা থা থাবুঙতোন
মোরাম্বী প্োবিগে
থৈবোং অমত্তং থাদরকউ

সাহিত্য খুৎমাবা খরগীনা
লৈশি লৈথোন্‌ফম
লৈথেক লৈকোনফম
থাজবু ঙমজবী মাইথোং

নিনিগী থাজ
মেবাগী থাবল

খোঙয়াঙবা সাইন্টিং মযামগীনা
চাংয়েং পাঙথোকফম
থাতু লৌফম
তুংগী কান্নবগী পুক্কৈ
খুন্দাববা য়াই
যুমলিংলবা যাই

থাদি তুমিন্না হিংলি
নোকস্নু নোকতে
কপস্নু কপতে
মবোল থোক্লম্বা তাববা
হাযবক্লম্বা য়াই
অপঙবা থেঙলে হৌগৎলো ॥

## ঐহাক্তি নিংতম্বনি

ঐহাক্তি অহাংবনি
মফম থুদিং শল্লিবা
মমল তমদে
লুকমাইদা হাছনা য়োল্লমলোই
ইছনা লৈতে
লাইরিক ফাক্কুনা থেংনবোই

ঐহাক্তি শিদবনি
সমাজগী য়্রাংমদা লেপ্লিবা
মশক নাইদে
তাল্লিবা য়ুমপোক্তা য়াওরমলোই
অহৈববু খোগক্তে
পাওখুম্মা তাকপা ঙমলোই

ঐহাক্তি মুংঙাইবনি
অম্বা অনা য়াওদ্রবা
মপু লৈতে
নিছনা পিবক্লোই কনানা
খিছনা ফংলোই
লোংতুনা লৈতে কৈদৌমুংদা

ঐহাক্তি ফজবনি
মিৎনা উবা ঙমদবা
য়েকপা য়াদে
চিত্রকারগী চেজেংতা তাবমলোই
শোকপা ঙমলোই
মন্নুং মপাল নাইদে

ঐহাক্তি নিংতম্বনি
নিংতম্বা
অপাইবা উচেক্কুম পাইরিবা
চেল্লিবা তুরেলগুম চেন্থরিবা
শাংলিবা লৈরাংগুম শাংলবা ॥

# তাবৰা লৈরাং

পোমলিঙৈদা পোমলম্মী
তূমিন্না নদোম তৱক
শাংলিঙৈদা শাংলম্মী
ফুগাইনা নকা ফম্না

লৈনম য়েল্লম্মী
মমল তমদা
নোক্লফম মওইরম্মী
কপ্লফমসু মপিবম্মী

তাবৰা লৈরাং

তমজনিংঙাইনি নথোনা
কৈদৌন্নুংদা ৱাখিদে
কনানা থাগবা
কনানবু ফুমগবা ॥

# থোংশম্নু

অপাম্বা মরু ফুকসি
মশা থাবা তোকসি
হৌবকফম মরা হাংসি

মশা মরেং বংশম্নু
থংন চৈনবা লেপশম্নু
মীওইবা তৃমিন লৈশম্নু

থাবা মবী থদংসি
নোবো মবী থুগাইসি
হৈনবী ময়েক মুথংসি

পুন্সি ময়োন চোংশম্নু
প্রকৃতি য়েন্নিং হুনশম্নু
অথোংপা মনা থোংশম্নু ॥

# শাখলবা শেন্দ্রাং

চেক চেক
পাইথোক্লে ঙসিদি ইমা
ম্বারৌগন্থু ঐহাকপু
তমলম্লবা শিঙ্খানি
মপু মাগী খুৎশেমনি

চেক চেক
লৈহৌবো মল্লবা ইছুম
থাদোক্লে নঙবু
কায়নবে ঙসিদি
থপ্লগে ইশাসে

চেক চেক
মরুপ মপাং কৌরগে
ইপাংলক্কা তিল্লগে
ম্বাবী ম্বাতানবগে
মিকুপ খুদিং নোক্লগে ॥

## খৎনম্নুশিবা কৈদৌবগে

খৎনম্নুশিবা কৈদৌবগে
শাওনম্নুশি নোংমতা
পোকঙমদনা পোকপনি
উঙমদনা উবনি
অমুক ফংবা হুকচাংনি
অনিশুদবা মওংনি
লোইবা নাইবা মতৌনি
হুলকউ য়াদবা করাংনি

নিংতম্মা হিংসি
মীরা ঙাংগনুসি
অবৈবদা উৎসি
পিথোকপদা ওইসি

নঙস্মু নহাক্কীনি হায়বম্মু
ঐস্মু য়ুমপোৎ তাল্লবোই
মহাকস্মু শোয়দনা তোকচনি
বলক য়েংথিবা লেপচনি ॥

## হে অচুম্বা

অপাম্বা ময়ামগী মরক্তা
মচেৎ তারম্লবা হকচাংসে
লালফম অমা ওইরমই
হৌগ্রবা মতম অমদা

সমাজগী মীচৈ মায়গৈদা
লাংতক্করবা উনশাগী খোঞ্জেল
পুক্কী অশেংবা দাবীদা
কোক্কী তাথিরবা চৈরাক

য়ারেম ময়ামগী লালফমতুদা
কনাগীস্থ মতেং থিকদনা
ইদোম তুমিন্না ফমখি
য়াখলগী হৌরকফম য়েংখি

লেপ্তনা য়েংলিবা মিথয়েংতুদা
খাণ্ডবা ওমদ্রবা য়াচোই
তপ্না তপ্না ফোঙলকখি
মঙলম্বা লৈচিনগুম পাইথোকখি

মিংকুপ্তা ইহাং হাঙখি
পুন্নমক লোইনা লেপখি

মুংশিবা ইথিল ফাওবকখি
যঙ্গবা থম্মোইদা তাবকখি

হে অচুম্বা
নঙদি তোপ তোপ্পনি
হৌবকফম যেংউই উদে
লোযশিনফম থিকুই যংদে

নঙদি ছিংলিবনি তনৌবিবা
চেম্থবিবা তুবেলগী ঈচেল্লনি
লিবিবা মালংগী শউমনি

খৎনবা লৈতে নঙোন্দা
চৈনবগী মমি তাদে
কাযনবগী অন্নাবস্থ উদে

তুমিন্না লৈবনা নশকক্লি
উবনা নঙগী মুংঙাইবনি
খঙদবনা নঙগী পাকচাওবনি ॥

## অহাংবদি হাংহৌরি

থম্মোইনা ৱাখল মরুমদা
পুন্সিনা পলদা ৱৈরবি
তোর্ব্বান মকেদা হৱাওবি
ঈশিং ইচাও নংত্রি

মতমগী গাড়িনা গেরেজদা
যাত্রিক্তি লম্বেলদা চংহৌরি
অপাইবা লৈচিলদা ঙাওজবি
মঙালদি মুমিংকা লোংহৌরি

মিংনা ৱাহৈগী পবেংদা
আর্থদি কারক্তা পুখরি
থাজবনা ময়েক্তা ঙনশিললি
অহাংবদি হাংহৌরি তুমিন্না ॥

# মাওরবা মাবু উরে

মঙলম্বা অমম্বা লৈচিন
নোং ওইনা চুথরে
অহাংবা অতিয়া ঙাল্লে
মুমিৎকী মঙাল ফাওরে
মালেম লৈমা হয়াওবে

মপুক লুমলে তুবেল
অশংবা পাম্বীনা থল্লে
অইংবা মুংশিং থুংলবে
থোৎলবা যৌনাদা চিরোল্লে
অনৌবা মযোন চোংলে

নোংথক্কা পাইবিবা উচেক
মনিং তমনা লৈজরে
মহৌশাগী তাম্বাদা থেকচবে
লাইনিং চেৎনা উইশিললে
ফজবা ঈপাক্কা তাওজরে

শিন্থরিবা পিনা চামথোক্লে
পুক্লিং তপ্পা হাংদোক্লে
থম্মোই মশক খঙজরে
অমত্ত ওইরে পুমনমক
মাঙদ্রবা মাবু উরে ॥

# ইদোম তরক ঙাল্লগে

কবিগী খনখিনি তত্তনা
কনাবু অমুক কিক্রখিনি
অচুম্বা মাবু ফংলবদা

ইথন্তা ওইরবস্থু লেপলনি
নাইতোম শাৎপী গুলাপকুম
লুংশিবা লৈনম য়েল্লনি

ইদোম তবক ঙাল্লগে
হাংলবা অতিয়াদা থাজগুম
কাঙলুপ শঙ্গ য়াওদনা

হিংলিঙৈদা হিংলগে লুংঙাইনা
শাৎলিঙৈদা শাৎলগে লৈকাফম্না
নোক্লগে ঙসিগী মিকুপসে

কনাদস্থু তাংদ্রবা হকচাংসে
তাজসম্নু মথন্তা মালেমসিদা
কেল্লবা লৈবাংগী মতৌগুন

থাব্রবস্থ কেমজনি মথন্তা
পৎতুনা পুমত্থুনা লোইজখিনি
মপাংলক্তা হুনজখিনি শোয়দনা

মন্নী মতা কনানো
কপনিংবা মখোয় কপসন্নু
মন্নাই তাত্থুনা তোকচনি

অরাম খৌরাংবা কোকলে
ইফুংকী ঈচুমদা ঈফংলে
লোইনাইদ্রবা প্রকৃতিগী পুকৈসে ॥

# হিংলে অশিবগা খুংশমনা

ইমা ইপানা হায়বা ইল্লুরে
চৎনবীগী চৈরাক মথাদা লৈরুরে
অচৌ অশাংগী আশা তৌরুরে
ঙরাংগী মিৎনা হয়েংগী য়েংল্লুরে
ইশানা ইশাবু ৱাহল্লমলে শকথঙদনা

আশাদা লৈরমলে
মালংদা তাওরমলে
মঙলানবু থাজরমলে
অকিবনা ফারমলে

ঙসিদি লৈচিনস্থ পাইগ্রে
স্থমিৎকী মঙালনা ঙাল্লে
লোঙলম্বা পুক্লিং লেপগ্রে
উপাল ৱাপাল হরাওরে

নিংতমনা হিংলে
চম্মমনবা কোকলে
খৎনবা লেপলে
অমত্তা ওইবে
ঐহাক হিংলে অশিবগা খুংশমননা॥

## হে মীওইবা

ওসিদি নহাকপু য়োকথৎলরোই
ঐহাকপুসু মথোয় কাহল্লরোই
মীওইবা অমগী উনক্ষমসিদা

মাঙদা লৈরিবা মিংশেল
তুমিল্লা লৈখ্রে লোয়া
অয়েংবা মাবু তাকতুনা

অমত্তা ওইবগী য়ারীদা
উচেক শঙ্গু পাইরে
লুনা হাংলবা অতিয়াদা

মথল মথেলগী মচুদা
মহৌশা লাইরেম্বী শানরে
লোইনাইদ্র মালেম লৈমায়দা

হে মীওইবা

অপাম লমদম থাদোকতুনা
হুংঙাইবা লমদম পাংলসি
ফজবা মাগী লৈফমদা

অশিবা ঙবাং থনমলো
থাংলসি ঙসিগী খোঙথাঙ
ইনৌত নৌবা লম্বেলদা ॥

## অচম্বা বাকোও

(১)
পাংলিংদা উত্রবদি
উইশিন্দুনা য়েংউ উবা যাই
য়াথলনা লাম্বা ফংত্রবদি
য়াথল লেপ্পা তাই
শিনিংত্রবদি
নহাকী হাংপা তাই॥

(২)
য়েংবদা হৈয়ু
পুমনমকসে লিলানি
উবদা তমউ
অয়াবা কোক্কনি
নহাকপু খঙজো
পোথাফম ফংনি॥

(৩)
মুংশিবদি অপাম্বগী য়াংমদা
অপাম্বদি য়াথলগী জগত্তা
লৈচিন থাংলবদি

মুমিং উদে
খাখল থম্লবদি
মুংশিবা যংদে ॥

(৪)
সমাজসিনা ওইদবগী শক্তম লৌঘবদি
অওইবদি সমাজগী খাংমদা লৈবতাবনি
অচিকপা পাম্লবদি ঙাংদবা তাবনি
ঙাংহনা লৈরবদি কদায়দগী অচিকপা ॥

(৫)
শাযাম লৈবা জঙ্গলদা
লম্বেল য়াংকে হায়ববদি
মিংশিং নাশিংবা তাবনি
নত্রগদি
শাবাক তমহনা তোক্কনি

কল্লক য়েংথিগী সংসাবসিদা
অচুম্বা উগে নিংলবদি
লেপ্তনা য়েংবা তাবনি
নত্রবদি
অপাম লাংদা থুখিনি ॥

(৬)

কা হেন্না চান্নবদি
থিন্নাং ফাইত্নুনা নাই
ওইজবা তান্নবদি
অন্না লাংদা থুই
শান্তি পান্নবদি
থিবা লেপ্পা তাই ॥

(৭)

চাংদমনবনা লৈবাংগী ফজবা খঙবা ঙমলোই
গুলাপ নাইতোম শাংলি
মশা কন্নবদি
কৈদৌন্নুংদা পাইববোই

ন্নাঙাং হৈবা ওঝা
অমত্তা ওইহনগে খনখিন্নু
লাইবিক্তা উতাংবীগুম তাংখিন্নু
পামেল উজাও তেক্কনি
নশা নবেং কংগনি ॥

(৮)

চাব ওইবক্কবা মক চেংখায
থম্মোই লৈনম য়েন্নবা

পুক্নিং শাৎকাই
অমুনবা উঁহে লৈহাও হন্না চুপতে
মপুংকাবা মী পিথোকপদা থংই॥

## ওইরকপা ঙাইহুনা লেম্নে

ইকাইবগী ফিজংনা খাগ্রে
রাখলগা হকচাংগা খাইনবে
মোৎলবা ফিজেৎলক্তা মাঙগ্রে
উনশাগী মহৌশা লোৎগ্রে

ইশানা ইশাবু চৈজরে
অফ ফত্তা খাযদোক্লে
লাংতক্লা মৈশাদা লেপলে
পুক্লিং চেগায় তাবে

মীওইবগী পুন্সি কাইরে
হৈনবীদা হৈনা চৎনবে
পোনগী তেনরাগুম চিনকাংলে
ওইরকপা ঙাইহুনা লেম্লে ॥

## পোক্লমদবনা চুমদ্রা ?

লাইবিক হৈবা
অমদি হৈতবা
ধর্ম্ম লৈবা
অমদি লৈতবা
অফবা ফত্তবা
অরৈবা লৈতবা
ওইদবা অনিনি
মমিনি মমি
ঈশিংদা তাবা

কবিবু খনখিনি

ইতিহাসনা তাক্লমক্কদা
লালবু থাজখিগদ্রা
রাহল্লি খঙলবমক্কদা
পিবাংবু য়াখিগদ্রা
শিখিনি শোযদ্রমক্কদা
পুক্লিংবু শৌগৎখিগদ্রা
তাৎনি হাযবমক্কদা
অঙম্ববু ইনখিগদ্রা

যম্না উত্রবা

থম্মুংদা

লেমলবা চীংশাংগা

ঙাংনত্রবা

মুংশিবগী মুংঙাইবা

কাওত্রবা

পুন্সিগী ঈচেলদা

তিনত্রবা

পোকলমদবনা চুমত্রা ?

## মীওইবগী ইতিহাস

লাল

অমদি

মহাক্কী অবোনবা

অমসুং

অফোঙবা শক্তম পরেং ॥

---



